মনিপুরী সাহিত্যদা
থরায় লুপচরিবা
ঐবু গোকপা পন্থৌ
শাহাদত আলীগী মফমদা

AMAMBA MARAKSIDA.
A Collection of Manipuri Poems
By S. Tahir Ali

অহানবা ফোঙবা : ওক্টোবর, ১৯৯৮ ইং

কোপী মশীং : ৫০০

অফোঙবা : মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ লক্ষীপুর মশাগী দমক
বদরুন নেসানা ফোঙবা।

কংফম থোকপা : অইবা।

মথুম : মৈস্নাম চন্দ্রমোহন

মমল : রুপা ২৫/-

নম্ফম : লালা প্রেস, লক্ষীপুর।

## অমম্বা মরকসিদা ঃ রাহে খরদং

বোরাক তোব্ব'নগী সাহিত্যদা অনৌবা মালী অমা, অনৌবা লৈকোল অমা, অনৌবা খুদোল অমা, ফজবা লৈচল অমা খোৌরাংনা ভাইজবা সাহিত্যগী মহয়নি। নহা ওইরিবা কবি এস, তাহির আলীগী কাব্য 'অমম্বা মরকসিদা' থৃংই ওইনা পাবগী খুদোংচাবা ফংজখি। সাহিত্যগী মেগাজিন্দা, চয়োলগী চেকোত কয়াদা তাহিরগী কবিতা থেংনখি। তেনতক ওইবা কবিতাদা রাখল পোকহন্বাওম্বা নহা ওইরিবা কবিসিগী অহানবা কাব্য'সিবু পারুবদা ফাওখিবা ভাবশিংতুবু মনিপুরী ভাবোকশিংগী মফমদা পাউদমজরি। মসিবু কবিতা নৈনবনি হায়না লৌবিবা য়াদে, মরমদি কবি অমনা অত্তোপ্পা কনি অমগী 'কবিতা' পাকবদা পোকখিনা ভাব অতুবু ফোঙদোকপতনি। ঐ ইশামক ক্রিতিক নৎচদে শুপ্নগী কবিতা পাবদা ফুংাইজবা ভাবোক অমা ওইবতনি।

অনৌবা মওং অমদা শৈরেংগী জগৎতা চঙলকপা কবি থুদিংমক ভাবোকশিংগী পুক্লিং চিংশিল্লি লোযননা মীৎকপ থোকহল্লি। রবীন্দ্রনাথকী মতমদা নজরুলগী প্রতিভানা য়াকায়বকপদি ভাবোকশিংবু মীৎকপ থোকহনবনি। "হে মোর দুর্ভাগা দেশ" কী কবিনা "বল বীর, বল উন্নত মম শির"গী কবিবু কাব্যগী জগৎতা তরাম তরাম ওকশিনখি অমসুং মহাক্কী কবিতাবু অনৌবা মওং অমনি হায়না লীংথানখি। চাউবা, কমলগী মতুংদা নীলকান্তবু মতমগী কবিনি হায়না ইকায়খুম্নখি। লোযননা নাউরিযা ফুংলাগী মতুংদা ধবল, ব্রজেশ্বরবু বোরাক তোব্ব'নগী মতমগী কবিনি হায়না লৌনখি। মতম'সিগী মমুংদা মীনোক পীরাংগী কবি অমসুং কুনজুবা শতাব্দীগী কবিবুসু মশা মশাগী কবিতাগী মতীক মগুণগা লোয়নবা আধুনিক মনিপুরী কবিতাগী জগৎতা ভাবোকশিংনা মহৌশাগুম লৌশিনখি। মতুংগী কবিশিংগী মমুংদা দিলিপ ময়েংবম মথস্তা মওং অমগী নমুনা অমনি। মরক অসিদা সনামচা, বিশ্বনাথ, ইলাবন্ত, পূর্ণেন্দু, কালেনজাউ অমসুং নন্দকুমার মশা মশাগী সৃষ্টিগী হৈশিংবদা ভাবোকশিংগী পুক্লিং চিংশিল্লি, মীৎকপ থোকহল্লি। নীলকান্তগী মতুংদা সমরেন্দ্র, ইবোমচা, ইবোপিশক, শ্রীবীরেন অমসুং রাঃ কুঃ

মধুবীর মশা মশাগী কাব্যরীতিদা মতৌ মওংদা মনিপুরী কাব্যগী জগৎতা ভাবোকশিংগী পুক্নিং চিংশিল্লি অমসুং রাখল থম্লহল্লি। কবিতাগী খোঙচৎ লেপ্তে, ফীজোলসু তত্তনা হোংলি মতমগী পোইরৈ মতুং ইন্না।

ইবুঙো তাহিরগী কাব্য 'অমম্বা মরকসিদা' পাক্লবদা ফজবা মফোঙ-দোক, থোং-নৌবা থম্মোয়গী মচু শঙবা রাখল, মরৈবাক নীংবা, মজাতিবু মুংশিজবা, মমলশিংবু পামজবা, খুন্নাইগী অরাবদা রাজবা, মপা-নাৎ মপু-নাৎপু নীংজবা, লৈভাকলোনগী অমোৎপদা পেন্দবা, মপালগী সংস্কৃতিগী শাফুদা ভারতীয় সংস্কৃতিগী মাঙথরকপা শক্তমদা মিপাইজবা, নোংচুপলোমগী সংস্কৃতিনা লাঙ্গোই চল্লকপা মতমসিদা মীৎয়েং নায়েং শিংবা কবিসিগী থম্মোয়দা পোকপা reaction করাগী experience অমসুং ওইরক্লিবা মনিপুরী সমাজকী মাঙ তাকপগী মৈনুংদা চোংশিম্বা নত্তনা গতি লৈরকত্রবা ফীভমশিংসে কবিনা উবা ফংই।

কবিতা নিফুমাথোইগী খোমজিনবা কাব্য 'অমম্বা মরকসিদা' মিংথোনগী মায়গৈদগী যেংলুরবদি ফনমক চাৎন্নে-চূনৈ হায়নিঙই। মঙালদি ফজবা, থাজবা, অচুম্বা, মুংশিবা, অপেম্বগী পান্দম্নি। অমম্বনা চিংনবা, হিংচাবা, কল্লকপা, মিচৌবা, ওইজবা তানবা, হাৎন-থিন্নবা, মাঙতাকপগী পান্দম্নি। কাংখোং চাইরবা পুন্সি মরেলনা মপুং ওইবা খুন্নাইগী মীচঙ-শঙন নাইরবা লৈভাক্লোন, অমোৎপা শাজৎতা ওইজবতা তানবা অচৌবা সমাজ অমদা অপীকপা ফুরুপ অমগী পুন্সিদা থুংলরিবা অমম্বা অসিগী মরক্তা হিংলিবা মীওইবা কাঙলুপ অসিগী মাঙচৎকী আশা, অমা লৈরকত্রবদা নীংবা কাযবা হৈনিংদনা অমদি কীম্বরব্রবা পুন্সি মরেলদা, মমল অমত্তগীসু ইকায়থুম্নবা ভারিংলকত্রবদা মংঙতাকপনা ভাইহিরনা ঐখোয়গী মাঙচৎনা ঐখোয়বু নিয়ম যাদবা, ভৌনিংবতা ভৌবা কাঙলুপ অমা ওইহনবদা তঙায়ফদবা পোলোই অমদা ইনশিনবিরে।

নহা ওইরিবা কবি অসিনা গতি লৈজদ্রবা শুরোনসিগী পোলোইদা নীংবা কায়রহনা হায়রি— (ইমা) নঙবু নীংজমনগী

চাক্লিবা মৈরীদা
করি পাম্বৈদি লৈরি
নচাশিংগী
চোংশিম্বা নত্তনা
মথং মথং। (ইতিহাসকী তমথীরবা মীৎকুপ)

কবি অসিনা নীংতম্লবা লৈবাক্কী নাগরিক অমা ওইনা মহাক্কী নীংতম্না হিংবগী অধিকার ফংলকত্রবদা নীংঙমদনা হায়রি—

অহুবু, (ইমা)
ঙমজদে শোকপদি ইথুৎসিনা
য়েংজবা নত্তনা, (নীংতম্বা)

নীংতম্বগী অঙৌবা থুন্নুশিংহুনা পাইথ্রবদা ফরা ফরা হাইহৌরিবা ফীরালহুবু নীংতম্বগী পান্দম্নি হায়না য়েংজবা নত্তনা নীংতম্বগী মহাও অহুদি কবিনা ফংজদ্রে। তেংথাখোলসে পাল্লি থম্মোয়দা।

মপান্নগী হায়বদি ইউরোপকী ওইবা, ঈরাং কনবা, ময়ায় কনবা কলচর অমনা মলটি চেনেল মিডিয়াগী মতেংদা ভারতকী অমৃত চেনবা সংস্কৃতিবু হিংচাবগুম য়োংশিল্লকপা উবদা কবি অসিনা মিপাইজ্জে অমম্লুং নীংঙমদবা ফোঙদোক্লি মথংগী পরেংশিংসিদা।

(১) নোংচুপলোমদৈ ভুম্লকপা
অমুবা নোং মপৈনা
ইবুধো হাক্কী ধরানমিচাক থরসে
অম্লম অম্লম কুপশিল্লকপসিদনি
মিপাইজরিবস্থ এনা।

(মঙং মরিন নাইদ্রবসিদা ঐ)

(২) কোম্বীরৈ শিরোইলিলিদি
মাযথোং লাংশিনথ্রে।

(ইমা নঙগী নরাইবক)

(৩) নেশাগী ফোংঙমদবা পাউখোংদা
থুম্ব নরবা নহারে লশিংগী মরাইবক্তি
লুপাথ্রদো মীথাপোম্বে
লুরবা ঈরোকন্নুংদা।

(ইমা নঙগী নরাইবক)

কবিনা মিপাইত্তনা লাউরি—

(৪) হে গতমগী লাইওইরবা মৈতৈ চন্নুবাশিং
লাক্রো চেৎনা খ্বাঙচেৎ ঈনাৎকী
হুমদোকখিদনবা নতমগী অকম্বা
নোংলৈনা। (ইমা নঙগী নরাইবক)

মুংশিবা থাজবনা থায়নগী মমলশিংগা কায়নরকপদা কবিগী থম্মোয়দা চিংনবা কয়ানা তিংখং ওইনা যুরকখি। থাবল অমসুং মৈচাক, লৈকোলসিদা, মুংশিবগী মাইখুম উপশিল্লবা ঈরাংগী লৈ মিংথোনবা কবিতাশিংসিদা কবিনা তেংথাখি—

(১) পাইরক্লগা নোং মপে ওইনা
হনখিবহু লৈচীল ওন্দুনা
নীংশিংলকই—
(থাবল অমসুং মৈচাক)

(২) চেক্লাগী মুংশিবা শৈহেক্তা
য়াওরক্লবদি কবিগুম্বা
অভিশাপ।
(লৈকোলসিদা)

(৩) তনৌরবী থুৎশাশিংনা
থেৎচিল্লি অমুকম্ লাই ওইনা
য়াইফবা মাম্বা মীৎকুপশিং
নঙগী থমোয়গী ফক্লাংদা
কুপশিল্লহনা থায়নগী ম্লাহৈশিং মুংশিবগী।
(মুংশিবগী মাযখুম উপশিল্লবা ঈবাংগী লৈ)

কবিতাগী Theme দা অরীবা ঈারম ওইরবসু মফোঙদোক ফজবদা পুক্নিং হ্‌বগী মগুণ চেনবা কবিতা 'লমন', 'লায়রবা', 'ওসিগী রারী', 'পাপ অমসুং তঙায়ফদবা', 'নঙদি অসুম লাপ্পা লৈ', উফুলগী রাকৎ', পিরাংগী তর্পণ, পাবা য়াবা কবিতা ডাক্তনি। চাংদম অমদি চিত্রকল্পদা ফজবা মওং কয়া থেংনৈ— খুদম ওইনা নোংথাংগী দোলাইদা পাইরক্লিবা নোং, মঙালগী তোর্বান, মায়াগী রাংলবা চীংদোলদা, অচুম্বা রাৎয়লনা তুমখুন তাল্লিবা গ্রহসিদা. লৈক্রকী চম্বান্দগী, মুংশিবা চাম্মগী অশিবা হকচাং, কোরৌগী ওঙান্নবা মীনোক, অসিনচিংবা সিমিলি, মেটাফোর কয়াসু কাব্যসিদা থেংনবিগনি ভাবোকশিংনা।

বিশেষণ ওইবা রাহৈ খরা শিজিন্নবদা মরীক চুমদবা থেংনৈ। খোমিৎ কারবা রাহৈ অসিবু মপুংফান মুল্লবা হৈরাংগী মতীক মগুণ তাকপদা শিজিন্নৈ। লৈশাবীগী খোমিৎ কারবা মায়থোং, হৈরাংখোইগী মঙাংদা শিজিন্নবা ফাওবা কাযদে অচুবু খোরানগী খোমিৎ কারবা

মাযথোং শিজিন্নবা চান্নদে, চুনদে, পকচদে হায়নিঙই। লোয়ননা কবিনা সুংশিবা চাম্ম চাম্ম হাযবা ৱাহৈ চবুনসে পামলুকনৱা খঙদে হন্না হন্না শিজিন্নবা থেংনৈ। কবিতাদা ব্যাকরণগী মফম লীক্লা লৈরবসু শুপ্পগী লৈতে হায়বদি য়াদে। মরম'তুনা 'গী' গী মহুৎতা 'লৈ' শিজিন্নবা তোয়না থেংনৈ। খুদম ওইনা 'মিপাইজবা পুষ্পে মরমসু।' 'নরাহুগী হকচাংদৈ।' মতাং অসিদা হৈনবগী ৱাফমসু লৈ। অদুবু 'পুষ্পদগী' 'হকচাংদগী' হায়না শিজিন্নবনা ময়েক শেংবা হেনগত্রা? Suggestion নি। লোন ফজে, বনান নাল্লি, ৱাহৈ খনবা চঙথোল্লি। মরক মরক্তা শন্নদবা লাইন য়াওই।

কবি অসিগী কবিতা খরদি রোমান্টিক ওইনা মপা লৈতে। খুদম ওইনা 'লমন', 'থাবল অমসুং মৈচাক' অমদি 'অরাবা ঈশৈগী সুর' রোমান্টিক কবিতাগী ফজবা চঙথেন্না য়াওই হায়নিঙই। সুমিংবী হকচাংদগী সনা মচুগী ফীজোল মুনবিগ্রবদা থাজনা মহাকপু লুপা মহী চেনবা ফীজোল শেৎচিনবিবগী কল্পনা থমথেংনা ফজে। কল্পক মিহোৌবা থরানমিচাকশিংনা থাশিগী অতীংদা হরাওবগী দ্ৰশ্যতনা অতোপ্পগী যাইফবদা কল্পকপা মীওইশিংবু নিংশিংহল্লি। য়াম্না lively ওই। 'ইম্ফাল/৯৩' থোইদোক্না থম্মোয শোকহনবা ঙমই। ঈনা ভাঙগ্রবা লম্বীতুদা চৎলিবা ইমা লৈবাক্কী মনিপুরীশিংগী থম্মোয়দা অমত্তা ওইবগী মিহুন পোকহনগনি, মিন্নুংশিগী মউ লিংখৎকনি থাজৈ।

অরোইবদা নত্তা ওইগ্নিবা কবি অসিনা চঙশিল্লক্লিবা খেংউজংসিনা তাকপদি রোরাক তোর্বানগী কাপ্পগী তাইবঙদা শোয়দনা অনৌবা ঈথক ইপোম কয়া হৌরকখিগনি। কবিগী তুংগী খুৎহৈদা অতৈগসু হেন্না চঙখোনবা মতমগী কবিতা উবা ফংজবগী আশা থমজতুনা ঐগী নৈনবসিদা পলহৌদবা ফজবা কবিতা অতৈসু পাবিবগা অনৌবা থেংনবগী ভুজাইবা ফংবিনবা ভাবোকশিংগী মফমদা নিংশিংজরি।

খৈরুদ্দিন চৌধুরী
সভাপতি
মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ,
আসাম।

ৱংপুর
২০/৯/৯৮ ইং

# অইবগী ৱারোল

তঙ্ভ তানা মুংশি চান্ন-চিন্ননা হিংমিন্নবগী ৱাখলনা মরায চায়থরকপা, চাওখৎপগী খোঙ্ঙজেলনা মহৌশাগী শংবান্নবা শক্তমবু মাঙহল্লকপা, আইন অমস্তুং শক্তিবু লান্না শিজিন্নরদুনা মীওইবগী হকপু খোঙ্গাংনেরকপা, ইশাগী ওইজবতা থিবদা মীওইবা জাতিনি হায়না ফাও' কাউনরক্রবদা লৈশেম মপুগী নীংথিজরবা তাইবঙ কূপশিল্লকখি নৈখু মপৈনা। তাইবঙগী মাযথোংনা মকশিল্লকপদা মিপাইজখি ঐগী থমোয়। লাংতক্লনা থিজখি থমোয়না মঙালগী লম্বী, অমম্বা মরক্তা।

খুদোল তমজরিবা শৈরেং থরসে তশেংনমক মচু তানা শৈরং ওইরবরা হাযবসিমদি পানিরিবশিংগী মফমদা শিন্নজরি। ঐগী ওইনদি মতম মতমগী থমোযদা ফাওরকপা ইহুনশিং, ৱাহৈনা ফোঙদোকচহনা, ইমাগী সাহিত্য লৈকোলদা লৈরাং চার অমতং খুদোল তমজবনি।

চেফোংশিং অমস্তুং আকাশবাণীদা পাথাকপ্রবা শৈরেং থরস্তু লাইরিক অসিদা হাপচিনজখে। মরী লৈনবা পূন্নমক্লা ডাকপিগনি অশা তৌজে।

লাইরিক এইনা পুথাক্রবা হোৎনবদা ইযাম্বা খোঙচাম বিশ্বনাথকী লমন তোনশিন্নগী ৱাকম পান্দবদি ঙমগ্ররোই। মতাক্তী লমজিং পাউত্রাক অমস্তুং মুংশিনদি লাইবিক অসিগা শাগোন্নগ্রবনি। লোয়ননা ঐগী মরূপ-প্রো: এফ, আর, হাজারী ১স্তুং ইযাম্বা এন, বাবুসনা অমদি লালা প্রেস, লক্ষ্মীপুরগী ইয়াম্বা পি, শরৎবাবুবুস্তু তৌবিমল থঙসা উংচবগা লোয়ননা মীয়ামগী মফমদা থুংশিন্নজরি "অমম্বা মরকসিদা।"

এস, তাহির আলী

# মন্নুংগী শৈরেংশিং

লমন / ১
অনৌবা অয়ুক অমা / ২
নীংতম্বা / ৩
পাপ অমসুং তঙায়ফদবা / ৪
মীথল বৈতরণী / ৫
লৈতাদবা মহৌশাদা করিগুম্বদসু / ৬
গ্রহসিদা / ৭
ঙসিগী রান্নী / ৮
সভ্যতা নঙগী মীনোক / ৯
ফাদোক / ১০
ইমা নঙগী নরাইবক / ১১
থাবল অমসুং মৈচাক / ১২
লৈকোলসিদা / ১৩
মওং মরিন নাইত্রবসিদা ঐ /১৪
উখুলগী রাকৎ / ১৬
অরাবা ঈশৈগী সুর / ১৭
মৈচাক্কি মাতগীনি / ১৮
ইম্ফাল,৯৩ / ১৯
কবিতা নঙগী খোঙচৎতা / ২০
অখুবা গলী ( প্রেমতলা . শিলচর ) /২১
শকফম হোংগ্রবী পৃথিবী ইমা /২২
আশাগী খোঙজেলদা /২৩
পিরাংগী তর্পণ / ২৪
ইতিহাসকী তমথীরবা মীৎকুপ / ২৫
ঙসিগী মহৌশা / ২৬
হুমাংমল / ২৭
নঙদি অসুম লাপ্পা লৈ / ২৮
লম্মুক্রবা / ২৯
অমম্বা মরকসিদা / ৩০

লায়রবা / ৩২
হুংশিবগী মায়থুম উপশিল্লবা ঈরাংগী লৈ / ৩৩
হুংশিরবী ইস্কাল / ৩৪
চৈনা ফঙলবা মহৌশা নত্তোন্দা / ৩৬
অমুবা ফিজংনা কুপশিনগ্রনদা / ৩৮
ঈদকী ঈশৈ / ৩৯
অত্তিয়াদা মৈথু মপৈনা জগোয় শাই / ৪০
মঙগ্রেম্নবা / ৪২
হিংবা ঙমদ্রবা রাখল / ৪৩
নীংতম্নবা মঙ / ৪৪
লাইমন / ৪৫
বিদায় রমজানুল মুবারক / ৪৬

লমন

তাংমদাই নুমিৎকী চোকথরবা হকচাংদগী
মুম্বিথ্রবদা ফিজোল সনা মচুগী
তরামন্নিনি থাজনা মোমোন নোক্লহুনা
মুংশিনা কোম্বি অমম্লুং শেংচিম্বি
লুপ, মহী চেল্লবা থাবলগী ফিজোল।

মিহৌচাউবা থন্নানমিচাকশিংতুদি
কল্লক পেম্মখি থাশিগী অহীংদা
সেম্প্রক্রবদা কোয়ৌনা থাজগী মনাক্তা।

অমম্বা মমকসিদা/১

## অনৌবা অমুক অমা

মহৌশাগী মতম্বাক্তা
নীংথিবা পুম্বনা লৈত্তেংলিবা লমদমসে
ওইরে ঙসিদি
ওয়লাইশিংগী চাক্তাফম, শান্নফম
অমস্তুং চাদা নাউদাফম।
মীওৎ-মীনৈগী শাফু কম্বা ঈরৈদা
লূপংগ্রে ওয়মক
মমা নীংবশিংদুদি।

ইতিহাসকী পাকথোরক্লিবা লমায়দা
শিবা ওমদনা হিংলিবশিংদুনা
হোৎনজ্ঞে ইগে অনৌবা য়ারী
শিন্তদুনা মীৎলুদা ঈগী পীরাং
স্বর্গগী লৈকোলদগী হুমলকপা
লুংশিবা লৈনমম্লু নীংতম্বগী
ওনগ্রবদা হু
নীংতম্ব য়াথল মুম্বৎকে হোৎনরিবা
বারুদগী য়াক্রবা মনমদা।

মশা ত্তেকখৎচবা ওমত্রবা
মরাইবক থীরবা মতমসিনা
ঙাইরি হকায় চল্ল-চল্লদুনা
অমম্বা মরক্তা : অনৌবা অমুক অমা।

## নীংতম্বা

নীংতম্বা নীংতম্বা নীংতম্বা
করম্বা নঙগী অপেম্বনো
ঈচেল নাইহল্লগা ঈগী
        তুরেল ওইনা
লৈমায়সিদা মুংশিনবগী থমোয়না
                থমোয়বু ।
যেংলকপদা নঙনা হায়ফেং মীৎচিনা
ওইহৌই পোম্বা থরায কয়া
শোক্কে হোৎনবদা নঙগী ফিজ্জী
কাংখোং চাইরবা মাংলেম অমা
ওইনা : লেপ্লকই হেক্কা নঙনা
                  মাঙদা ।
নঙগী ফীরাল চীংলেম্বা নীংখিঙৈ
                ফজবা পূম্বদৈশু
অহুবু,
ঙমজারে শোকপদি ইথুৎসিনা
য়েংঙবা নত্তনা , অঙোবা খুমুশিং
                    পাইথরবগী
ফৱা ফৱা হাইহৌরিনা
নঙগী শক্তম্বু ।

## সাপ অমসুং তঙায়ফদবা

ইরাংগী লৈনম্না য়োমশিল্লবা থমোয়দুনা
নীংথিজনা লৈতেংলবা অপাম্বগা লোয়ননা
হোৎনখি লৈগৈ হকচাং অদো
স্তুপ্নগী মীৎকুপ অমত্তংগী।

অচুম অয়ানগী লংদাইদা
লায়র চৈনাখোলদা চোকথরবা রাখলদু
ফুম্বংনৈ ভাইহাক :

তঙায়ফদবা মীৎকুপ্তুদা উরকই মমীৎতা
কপহৌবদু মচাশিংনা
মৈথু খুখিত্রবা ফুঙ্গা নাক্তা কমদুনা।

## মীশ্লল বৈতরণী

শেন্দোং তাম্ব হোৎনরিবৈ
খোংনেৎনহুনা লাইবক মীয়ামগী
খঙহৌদে মন্ত্রীহু করম্না হৌখিবা
সনা থোকপা মতমহু চহী মঙাগী।

গনতন্ত্রগী মীংত্রংদা
নৈবা য়োম্বগী কুম্মেদা
শক্তম লাংনকই অমুক মন্ত্রীহু
উপশিল্লহুনা মাযথুম, শাশিন্নবা স্নাশকী।

মন্ত্রীগী হৈশিংলবা মোইথেমদা
পংথনখি প্রজাশিং
কাউংথোক্লখি মীংকুপ্পা
মখোয়গী পেন্দনশিং।

অনৌবা আশাগী অনৌবা থৌনাদা
লানখি মন্ত্রীহু, বৈতরণী মীথলগী।

## ইলেত্তাদবা মহৌশাদা করিগুম্বদসু

সেঃ বসন্তসে লোইশ্রনি হায়মি
হৈনৌ মপাল, আঙোর গুলাপ অমদি কৃষ্ণচূড়াগী
সনা অহিংবা মচুগী মুংশি মীনোক্লক্তা
শান্নহল্লু থমোয়সে মীৎকুপ 'মত্তংদি
লৈকংলাগী মুংশিংনা পাম্বোম ঙিংলক্লিবা
লমদমসিগী মহৌশাদা।

মৈবুন ত্তোয়না হাত্তরিবা
মৈশাগী লান তমক শান্নে চেন-চোংহুনা
নঙগী মীৎস্না অনী
নঙগী থমোয অমস্নুং থবোস্বীদসু মহুম শাই
ম্রাংথোংনবা মচুগী অশাবা নুংশিৎ
লৈকংলাগী অকীবা শক্তম।

থঙলম্নোই নঙসু মরম্বুদি
লৈহাও মাঙখিবগী লমদমসিনা
কংলবা পামেলশিং নঙগী অকোয়বদা
য়েংলহুনা তেংথাবথক্তনস্ন
থিংবা ঙম্নোইনে নকশিল্লক্লিবা নোংলৈসে
তোংলহুনা দোলাই নোংথাংগী।

লমদমসিগী মাঙলমচংকী মহৌশাদা
লৈরোন চনগ্রনা ম্রাম্রীশিং
হিংমিম্নবগী মুংশি চান্ন চিন্ননা
শান্নহল্লু থমোয়হুদা মীৎকুপ অমত্তং ওইরম্নু
লৈত্তাদনা অমস্নুং মুংনাংবগী লিক্লি মচেৎশিং
শৎত্তাক্লহুনা থমোয়দা লেংলিবশিং।

## গ্রহসিদা

থাবলগী মঙালনা যৌঙমদবা
ময়ুবা থমোয় অহীংগী
ঙমজুনা লৈরিবা অমোৎপা
অনম্বুং নমথী হঙাইগী
অহিংবা লৈ:কো:লশিং
নকশিন্নরকই অম্নুম অম্নুম
অচুম্বা ৱায়েলনা তুমখুন ঙাল্লিবা
গ্রহসিদা।

## ঙসিগী ৱারী

ইঙ্গ্রিগী
ময়ায় কল্লবা হিদাক্ থকচিল্লবা
থাইবোক শিন্নবা থরায় পুন্না
কাথংলি পুন্সিনা
ভুৱোই ঙাম্নোই
অপাম-মীহৌনা মপুং ওইবা
মায়াগী ৱাংলবা চৌংদোলদা,
অদুগা
য়েংলকই করেম্না
ওইজবা তাম্বৈ মরুভূমিদা
মীঙ্গুংশিগী ঈচেলনা কংখিবা।

## সভ্যতা নঙগী মীনোক

হে সভ্যতা নঙগী লমজেলনা
ইন্থ্ বিরম্রেদো মানবভাবুদি, মীম্নুংশি খণ্ডদনা
ফোঙমদ্রবা রাকৎ অমম্বুং অধিকারগী মরাইবক্তি
তিনখ্রে:দা উফুল্লক্তা
হুমাং মরী:ক ওইনা নৈহৎপিরবশিংহুগী।

অকে-অম্মৌগী রাংলবা চীংদোলদগী
করেম্বরক্লিদো নঙনা য়েংলহুনা নমীৎ পৈনা
মিসাইল বোম, টোপ নিউক্লিয়র শক্তিনা নঙগী
পুবক্লিবা তোংজবসিবু করিনো ?

হিংমিল্লবশী নুংশিবা লৈনম্মা ওল্লবদা হন্ন
পাকখোরব্লিবা লৈকংলাগী মথাদা
শোক্করিবা লানগী চাকখেক্রবা মতম্বাক্তা
থরায় য়াওদ্রবা হকচাংগী শরু-শয়াংশিংগী
অমম্বুং নাউকোম্বিনবা লৈত্রবা অঙাংশিংগী
থমোয় শোকপা মীকপ-মীরাওখোলদা
নোক্লিদো নঙদি শিথ-শিথনা
নীংবা থুংলবগী অরোইবা মীনোক।

## ফাদোক

য়াংলবা চেকপলসি লাম্হোক্লুনা
য়োংখি ঐগী মীৎয়েং
কৈশুমশঙসিদগী।
ফিজোলনদ্রবা ইচাগী হকচাংদা
য়াইথেংলৈ : নিংথম উলেন।

নোংমগী চয়া তাম্বদা
নিংশাংখোয় নে তাক্তদ্রবীদুস্নু
মরু কোক্লবা উপালগুম
লেপ্লি মায়োক্তা
অকম্বা পুন্সি নোংলৈগী।

মীওং মীনৈগী মায়োক্তা লেপ্পবা
ঐগী য়াথল
লেপ্লি পুন্সি, বন্দি ওইনা
কৈশুমশঙসিদা।

## ইমা নঙগী মরাইবক

গ্রহন লাকপ্রবা হাক্তকসিগী
অমম্বগী মতম্বাক্তা
কপ্নি ইমানা মখোঙ মখুৎ তিংথোক্লহনা।
নেশাগী ফোংঙমদবা পাউখোংদা
যুম্বংনরবা নহারোলশিংগী মরাইবক্তি
লুপগ্রেদো মীথাপোম্বে
লুরবা ঈরোলন্নুংদা।

লৈহাও চেম্বা ইমাগী তম্পাক্তা
য়াইবী মরাং কাইরকপসিদা
মীযানচাশিংগী
কোম্বীরৈ শিরোইলিলিদি
মায়থাঙ লাংশিনগ্রে।

গীতার, ড্রমসেতনা লমকেৎ-লমহাইরকপসিদা
লোৎগ্রে পেণাগী মুংশিবা স্নুরম্নু।

হে মতমগী লাইওইরবা মৈতৈ চনুরাশিং
লাক্লো চেংনা খ্বাঙচেৎ ঈনাংকী
হুমদোকখিদনবা মতমগী অকম্বা
নোংলৈনা।

## থাবল অমসুং মৈচাক

খোমিং কান্নবা থাবলগী
ঈগ্নাংগী মীৎচিনা
কৌরকই খুৎলাম তোয়না
কায়ন ফীজংনা খনজিনগ্রবা
লুংশিবগী মগুশিংবু ;
পাইরক্লগা নোং মপৈ ওইনা
হুনখিবহু লৈচীল ওন্দুনা
নীংশিংলকই —
মরুভূমিগী লৈকোলদা লৈশাৎ তম্লিবা
থম্মোয়গী মৈচাকশিংহুনা।
লুংশিবা চাম্মগী অশিবা হরুচাংশিং
তাহ্নুনা লৈগ্নিবা মফমহুদা
থীকথন্নকই অমুকম্ম
থাজবগী অমুত মমীকশিং
অতুগা নাম্বিরকই তপ্পা তপ্পা
থরায় হাপ্পগে মতাগুম
ইংলবা মগ্তালগী খুৎশাশিংনা।

## লৈকোলসিদা

ঙমজদে নোকপা থৱায় তানা
নীংথিবা পুম্বনা লৈতেংলিবা
নঙগী লৈকোলসিদা।

চেক্লাগী মুংশিবা শৈরেংক্কা
যাওরক্রবদি করিগুম্বা
অভিশাপ।

মীপাইজবা পুম্বে মরমসু
মসিত্তনি
ঙুপ্পগী মসিত্তনি।

## মঙং মল্লিন নাইপ্রবসিদা ঐ

অমাম্ব অমস্নুং অঙৈবগী
লৈরায় অনীদি
অস্নুন কিস্থরক্তুনা তিনংশ্রেদো
ঈচেল অমত্তদা।

মহোৌশাগা থুংশেমগা শোক্ররিবা
লান মরক্তা : থিরি ঐনা পুন্সিগী মমল।

লান অমস্নুং মাগী তমথীরবা থোঙনেংতা
মরাইবক লেপ্পা ঙমজত্রবা
কাং থোং চাইরবা কৈকোলনা থাদোরক্লি
অয়োইবা ওইনা বারুদ য়াল্লবা লৈনম
চোকথররবা মহোৌশাগী মঙম শানত্রবা
থোঙচংনা অয়োইবা য়াহিপ তাল্লমদাই
তাঙ্গাসিমক্তদা।

নোংচুপলোমদৈ হুমলকপ।
অমুবা নোং মপৈনা
ইবুধৌ হাক্তকী থরানমিচাক থরসে
অস্নুম অস্নুম কুপশিল্লকপসিদনি
মিপাইজরিবস্নু ঐনা।

শাফু কম্বা নোংলৈ মুংশিং মরক্তা
চাক্তারব্রি উমাইবী শঙ্গূ শঙ্গু
তাম্নব্রি মশা খিঙ্গংপা
থক্লহুনা ঈগী নোং।

নোংলৈনা হুমদোকগ্রবগী
ফিজোলনদ্রবা হকচাং অমসুং রাখল
চিংনবদি অসুম হেনগংলক্লি
ঐসিবু
ওইব্রিব্রনে অশেংবা ঐ ?

## উফুলগী ম্নাকং

নরাইবক ইরাইবক্কী লৈমায়সিদা
মীরোল কয়াগী খোঙনেংতা
উফুল ওইনা লৈপিনি ঐখোয়
কয়াম কুইনা।

মশা ভগং ভগং ভেক্কখংলক্লি
আদর্শদি মশাগীতা য়েংবা
খুন্নাইসিদা নোংমা নোংমগী।

শংবান্নবা অভিয়া মখাদা
তুফাং থপ্না পাইন্নবা চেক্লাশিংগী
তুং ইল্লহনা পুন্সি নীংঙন্নবা
থিক্লরসি
থরায়না খোয়দাবা লমদম অমা
মীওং-মীনৈগী ম্নাংমদা।

## অৱাবা ঈশৈগী সুর

কৱম্বা ইতিহাসকী অঙাওবা মোংলৈনো
য়ুম্বংনৱে ঐদি
লমহাংসিদা
উমাইবীশিংগী অমম্নুং নমথী হন্ডাইদ্রী।

অশিবা মঙশিংনা শক্তি য়াকায়রোল
মহাপ্রলয়গী
উমাইবীশিংনা চিংশিল্লি লৈমায়দা
ঈগী লৈয়ি, অতগা শেমগৎলি
অনৌবা লৈকোলশিং
শৱম শযাংশিংগী।

অথাপ্পগী চীংশিংনা ঈ-কানা য়েংলম্বদগী
মৈরী অমম্নং ঙপ্পা ঙপ্পা উৎ ওল্লকই
অতিয়াম্বু অম্নুম অম্নুম লাপথোকখিহ্ননা
অমম্বদা তিনখি।

অঙাংবা ফিদা থাবগুম উৱিবা লৈমায়সিদা
খোৱ হোন্দনরক্লি উমাইবীশিংনা
মীওই শারৱনচৎকী অশাবা মুংশিং।

শিদম্নৱবশিংচুগী নাহোম্নদি
চিংশিম্বা হোৎনজে অৱাবা ঈশৈগী
য়াক্লবা মনম।

## ইমেচাক্তি স্মাতপীনি

নাহে খোঙ্গেলদা
লায়না পঙ্কবা মহৌশাগী
খোঙদোয়রকই
কুমগী নোং
তোংলহুনা দোলাই
          নাপলগী।

থরক কংলবা লৌবুক্কী
লৈক্লক্কী চীম্বান্দগী
হনখি
লৈচীল ওন্দুনা।

মোমোন নোকহৌই
খোয়ানগী
খোম্মিং কাম্বা
      মায়থোং।

অমম্বা ময়কসিদা/১৮

ইম্ফাল/৯৩

করম্বা মীৎকুপ্তা ঋমদোনা
হুমদোকখিবনো ফীজোল শান্তিগী
ইমা নঙগী হকচাংদগী
নোংথাংনা জগোয় শারকখি
নোংলৈগী তাম্থাদা
নীংখিজরবা লৈকোল মীমুংশিগী
কাং-খোং চাইখি
মাযকৈ মরী কুপশিনখি অমম্বনা।
ঈ থক্লি বৈ নেশাদা লাইচুরবা
অমুবা খুৎতুনা
হাইগৎলকখি থাঙশাং
তুংগী য়ুম্বীরেল নারাত্নগী হকচাংদে
শিন্থরকপা ঈখেংতনা
পুমঙাং-ঙাংখি লম্বীতু।
ইকায়রবা পুষ্পে মফীথোক্লবা মীৎকুপ্তুদা
লোৎখি লোক্তাকসু লৈচীল মরুমদা
মাযথোং লুরুক্লগি কোম্বীরৈ
শিরোইলিলিস্ন।

অমম্বা মরকসিদা/১৯

## কবিতা নওগী খোঙচৎতা

পুন্সিগী মমল লৈরকত্রবা
হিংবগী অর্থশু থোক্লকত্রবা
ঙসিগী মালেমদা
শাৎহল্লু লৈরাং লৈকা ফম্না
উৎলকউ অশেংবা মশক মীনুংশিগী
থমোয়্ খুদিং খেল্লবা থমদনা।

ঙঙ্গ্নবা কোরৌ মঙালদা
তমহল্লু মীনোক
মরাইবক্কী নোংদমখোন্দা
চাক্লিবা ওনথবশিংতুগী কংলবা চিন্নান্দা।

অশাবা ন্মশিংকী যু পেন্না থকচিল্লবা
লৈকংলাগী মথবাক ফাওনা
চেলহল্লু ঈচেল অমৃত লাইজগী
হাপ্লতুনা থরায় মঙফাওনখিত্রবা
মঙলানশিংদা।

শাৎপা ঙমত্রবা
অমত্তা ওইবগী অপোম্বা লৈরাংদা
থল্লগম্লু লোৎতুনা চিংনবা লৈনম
লিরি শিৎপা মালংগী হৈনিংদবা খোঙচৎতম্মু
থাররক্লগম্লু পাউজেল ইশাগীতা থম্বা।

হাইদোক্লে। অমুবা ফীজং চয়াংনবা মঙমগী
লৈতেংলসম্লু অতিয়া মকোয়্সে
মোমোন নোক্লতুনা থরামমিচাকশিংনা
শারসম্লু জগোয় নীংথিবা শাথেক্লো।

## অশ্বুবা পল্লী

(প্রেমতলা : শিলচর)

শহর অসিগী
নীংখিজরবা মায়থোংদা
ঠৈতশিল্লিবা কালি
খমথেংনা চাওখৎলবা খুম্নাইসিগী
পিরাযদা য়েপ্লিবা অপুম্বা শদোং
মশানাম্ব বাবুশিংগী মস্তিক্কফম
ঈরাংগী কৈথেল।
থমোয় থমোয় শিন্নবগী
কুপ্পকপা নোংখাংদা
খুংলৈ থুনা শন্দোক্লিবা
'এইডস'কী ধারা।
মীওইবা জাতিগী তুকচ্চনকম
অশ্বুবা গলী নঙসে
থরায়গী থরায়নি
হৈনগ্রবা থরগীদি
লম্বীসিদা।

## শকফম হোংগ্লবী পৃথিবী ইমা

নীংখিনা পুম্বগী শান্নফম
পৃথিবী ইমা নঙগী নতম্বাক্তা
উরিবা কুম্মৈসিবু করিনো
ফুগায়না শাৎপা লৈরাংগী লৈনমদা
লিন্নিবা মালংগী মুংশি শহুমদা
য়ানরকথিত্রে মুংশিবা লৈনম
মাঙথ্রবোই চন্নফম খঙদনা
য়াইবী ময়াং কায়রকপসিদা
থমোয়বু পঞ্চহল্লিবা ৬২গী লৈনম্মা।
থেক্লা খোয়না চেল্লম্বা পুকচেল তপ্পগী তুরেলশিংস্থ
অয়োইবা য়াম্থিপ তানথ্রবোই
লাংনা কাম্রক্লিবা মকভুনিগী থয়াৎতা।

শংবান্নরম্বা লৌব্রুক লমহাং
অথাপ্লগী চৌংশাং পয়েং
অতিয়াগী মথাদা শান্নরম্বা
ঙৌকনবা লৈচীলগী ফীজং
গুম্নমক কুপশিনখ্রে অমম্বা মৈথূনা।

অকী তুজুংবতনা লাঙ্গোই চপ্লবা মীৎকুপসিদা
উহল্লয়োইদ্রনে কোয়োগী ঙঙ্গাম্নবা মীনোক
শান্নহল্লয়োইদ্রনে য়াইবী মকা লাম্না
লৈনাগুম থোৎলবা নারাশিং
ইমা নঙগী নথাদা।

## আশাগী খোঙজেলদা

আশাগী মঙশিংনা
লৈরাং ওইনা শাংনা লমদমদুনি
নেয়বা লাইবকসিনা কুয়াক ওইনা
কোইপাই-পাইরুবদু ।

ঈরাং হৈবী বসন্তগী পোৎইনশিন্দসু
জুংশিবা চান্দনা ছাপ্লকপা ঈনোংভন্দু
লৈখিবনি নঙদি অন্দুম হোংবা লৈতনা ।
লৈবস্না য়াই তাদুনা
নঙগী মীৎমাঙমক্তদা আশানা খোঙ্গাউনরয়বী
লৈরাং কয়া কয়া ।

থাংঙমদ্রবা থমোয়গী কল্লবা ইথিনশিনদি
পুন্নি ঐবু মফম খঙদনা, লৈরদুনা খোঙ্গল
জুংশি লৈনমগী ।

শোকডয়নোই খঙনসু
নঙগী থমোযগী শংবান্নবা অতিয়া
রাংখৎলক্রি তক্তনা আশাগী তেলঙ্গাদি
মায়োক্লরদুনা নোংলৈ জুংশিং ।

মরুদ্যান নঙগী আশাদা
থাংবা চৌথ্রবা খোঙথাংসিদি
পোখ্বাবা খঙদবা ওইথ্রসনু
পুন্সি মরুভুমিগী শারবা লৈঙোই
মথকসিদা ।

## পিরাংগী তর্পন

মৈতৈ ইমাগী পারী অথোয়বা
কোলোইদি নঙগী বীর টিকেন্দ্র
শেংলবা আগষ্ট তরাহুমদোই
হুমিৎসিদা কৎথোকপগী
ইকোক নোন্দুনা হে অথৌবা
কৎচরি তর্পণ পিরাংগী।
ইমাগী নীংতম্বা ঙাক্লবা
শোক্লখিবা লান্দা খোংজোমগী
মাতু থৌগলদা নীংহন্নদবা
নথৌনা নম্বিংজলগী নোংলৈদা শাফু কম্বা
থক থক নিকখিবনি অঙোবশিং
ফুম্বংনখিবনি রাখল লৌশিং
হে অথৌবা নঙগী লাল্লোংদা।
মৈতৈগী থৌনা মৈতৈগী লিংজেল
উৎলম্নগা মালেমদা
মীথাপোম্বা য়ানিংদবৈ নরালদা
ফাঁসিগী কোঙ্গোয় নোক্লা হুকখিবা
কাউওয়রোইনে হে লময়াম্বা
হুম্মিৎ থানা লৈরিমখৈ।
ঙসি কৎথোকপগী শেংল হুম্মিৎসিদা
কৎচরি নথুয়াদা লৈস্থু থরা পিরাংগী
লৎনবিম্মুকো হে অথৌবা।

## ইতিহাসকী তমথীরবা মীৎকুপ

করম্বা ইতিহাসকী তমথীবা মীৎকুপ্নো
ইমা নঙগী মহৌশাদা
গুলি-বারুদকী য়াক্রবা মনম
মীকপ মীরাওখোল
থমোয় শোকপা খোঙ্গেল ।

নঙবু নীঙজমনগী
চাক্লীবা মৈরীদা
করি পাম্বদি লৈরি
নচাশিংগী
চোংশিন্বা নক্তনা
মথং মথং ।

## ঙসিগী ৱাহৌশা

লৌনম নমথাক
অমস্থুং ঈরাংগী কমুংদা
কম লাল্লুরবা থাজনা
য়েংলকই : মুংশি-মুংশিবা
থাবলগী মীৎয়েং।

নাম্বিরছুনা থেমলকই ঈরাংগী
খুৎনা : মায়থোঙ লুক্করবী থাবৈল্লে
খল্লি ঙাইহাক
ছাইগৎলকই তপ্না তপ্না
মকশীল্লবা মায়থোঙ
থাদোয়কই থাবলনা
ঈরাংগী মঙালপুম্বা।

নিংশাশোর কুইনা হোল্লম্বদগী
লেকথরকই থাবৈল্লে তপ্না তপ্না।

অমম্বা মরকসিদা/২৬

## হুম্মাংমল

খুং শুমল মৎপিগ্রবদা
হুনাং মরীকশিংহুনা খোমীহুম্বী
চেংথাক্তৈ, উফুল্লক্তা
ওয়-খোইনা ।

ম্লাংবা হেনগৎলক্লিবা দলান্দুগী
চাংলেম্লবা মায়খোঙনা
মোমোন নোক্লকপদা
লোংখি

মীওইবগী অখিকাম্লনা
দলান্দুগী মক্লমদা ।

## নঙদি অসুম লাপ্লা নৈ

নোংঙাম্বদগী মুমিৎতাবসিফাও
লাকখিবনি ঐ পোখাবা য়াওদনা
পুন্সি ঈচেলগা ইরোইনন।
থাজবন্তনা থল্লবা নম্বোসে পোয়ন্থুনা
নঙগী মুংশি তীর্থসিদা।

অহুবু ওম্হোকপনি ঐগী লাইবক
ফংজ্রিদৈ দর্শণ নঙগী
কদোমদৈ নোংলৈনো ভমথীরবা
হুমদোকপ্রে
রাখল-লৌশিং শুমমক, তিনপ্রে
মমিং শুক্কোক্লবা অহৌংগী
অকী-ভুজুংলবা অমম্বদা।

হৌজিকপু কৈদনো খিরুদোবা ঐনা
মঙালগী তীর্থ অসি অমম্বা ময়ুকসিদা।

## লম্লুক্লবা

স্নুপা অমা লেপ্লে ইনাক্তা
পায়রহ্না ফীরাল মখ্ৎতা
পৎলবা অমস্নুং শেগায়রবা
স্নুঙগী মূর্তিশুম
রাখল য়াওদ্রবা ঐগী হকচাং
কুপশিন্দ্রিরকই লৈঙাং মচু
হায়রকই চোইরোলশুম অঙাওবগী
করি করিনো নাকোংসিদস্নু।
ঈকং থোক্লবা লৌবুক্তা
মীনা কুক কুক ইল্লববা
রাইনম্রি কম্লা ইরোই অনী
থোৌনা লিংজেলগী অকম্বা চাংরেংনি
খূবাক খূনম্রি অকোয়বদা
লান মতুংদা পোকপা থরায় মরাম

## অমম্বা মরক্সিদা

নঙবু মুংশি হায়বা ঙমজদে
অমম্বনা লাঙ্গোইচল্লবা নতম্বাকসিদা
খুৎতা থাংশাং পায়রবা হীংচাবনা
মৈরি শেন্নহুনা মীৎকুপ নাহুম শিংনা
নচাশিংগী খোংথাংতবু।।

অমম্বা ঈপাকসে লাম্থোক্লুনা
হোৎনবা থুদিং চৎকে ইরোইহুনা
ইরাক্লখি কয়ারক রাখলসে ঈথক ঈরৈলক্তা
ঙমখিদে পুরকপা
মঙাল মচেৎ অমত্তং
অমম্বসে কোক্লনবা।

অমম্বগী ঈপাক্তি পাকথোরক্লি অম্নুম
শামহল্লহুনা মমি মঙালগী ভোর্বান
ইমাগী মারথোংগী অঙিয়াম্নু
কুপশিল্লক্লি
মৈখ মপৈ মপৈনা।

অকী তুজুংবতনা পল্লবা
নঙগী মহৌশাদা
ঙংগোয় শাই লৈতাদবগী মীৎকুপশিং
ইকায় খুংশি য়াম্নরব।
অতুম্বা, অশেংবা ফজবদি
লেংতুনা লৈ
অনম্বগী ফীজং মকন্দদ।।

নতম্বাকসিদা
অনম্বনা কোয়শিল্ল। নঙগী মহৌশাদা
চেংথ,বি নৈহংশিন্নব। লৈকোলশিং মিন্নুংশিগী
হ্ক চেম্বা নোংলৈ নুংশিৎকী মথাদা।

অভৌবা খুন্নুশিং লম্মাংনখিবা
মৈথ্‌না কুপশিনখ্রবা নঙগী অতিয়াদা
কৈদৌঙৈ থোরকনি মঙালগী মুমিৎ
লৈয়েং ফাইর' চীম্বান্না
শোঙ্গবা ভমগনি কৈদৌঙৈ নীংতম্না
পালেম ইমা অপোকপী
ঙুংশিদৈ নঙবুদি থরাযদগীমু চেন্না।

## লাম্নরবা

হে লায়ন্নবা
নঙনা পাম্নি'সিবু করিনো
মপোকসিস্নু য়ুহাহাগ্রে কয়ারক
নঙগী ভমথীরবা চৈথেংদা
বসন্তগী শংবান্নবা মীৎয়েং
ওইহনগ্রে নঙনা হীংচা-য়াইতন্বা ।

কপ্পা নোকপা অনীগী কৈথেলদা
চাক্লিবশিংগী মীৎয়েংগী য়াকৎতা
য়োহন'ভমখিত্রনে নঙনা
চন্নী ভৎলবা য়াম্নীশিং
তিনশিন্নবগী অঙ্ক হোৎপদা
　　　　য়াইশংজত্রবশিংতুগী নাপদা ।

চন্নাম্নরবা মপোকসে
ভমত্র'স্নু নঙনা হন্নাও মীনোক্ত ভমক্তবা
হাংলবা থম্মোয়সিতদি পীক থলহল্লি
　　　　অরাং-অপাভনা ।

## নুংশিবগী মায়খুম উপশিল্লবা
## ঈরাংগী লৈ

চায়রসিগে করম্না মাযথোঙমক্কি
কৃষ্ণপ্রেমদা নুপ্পবী রাধাগী
ঈরাংগী লৈরাং মাপদা চিন
রাশী লৈরবী মীনোক্তি নুংশিবা লৈনম
চাইশিল্লহুনা মাযথোঙদা
মীৎচান্নরিবা ঐগা নুমিৎ খুদিংগী।

নেপ্পররবস্তু যাচঙবনা
চংচাসিগী থোঙজিন্দা
জগোয শাই নঙদি
নীংথিজনা শেন্নবা মকেদা
বসন্ত তরা থরৎকী ঈরাংগী মীৎস্না,
থাজিব্বা ঙমদ্রবা নিহুনগী ভাস্বাদা।

তানৌরবী থংশাঙ্লিংনা
নেংচিল্লি অমুকস্তু লাই হুইনা
যাইফনা মায় মীংকুপশিং
নঙগী থমোয়গী ফল্লাংদা
কুপশিল্লহুনা থায়নগী রাহৈশিং নুংশিবগী

হোয়না শককম হোংগদ্বা
ঈচলদি নঙগী থমোযগী
কংখিনি শোয়দনা নোংমদি
মতমগী লৈভোই মথক্তা।

## নুংশিরবী ইম্ফাল

ঐগী ইম্ফাল নুংশিবী শহর
চিংনবোক্ত নঙবু কয়ম্রস্থ
হোংলক্লিবা নঙগী শাজৎ-লীচৎনা
খ্বাইদগী নৌরবা ঈব্রাংগী খোঙথাংদা
পম্থুং তানগে তেমশিংলকপসিদা
চৎনবীগী ষ্বাংমদা।

চিরবা পুন্সিগী মীৎকুপ খুদিংদা
অকে-অমোগী নীংথিরবা ফীজোলদা
পাউখোংদি কয়ানি লোয়নরক্লিবা
মোংচুপ মালংনা কাইহৌররবদা
নঙগী নৈকোলদা
চঙখোল্লবা ঈনাংকী।

ঐগী ইম্ফাল নুংশিবী শহর
মতমগী অকম্বা চাংয়েংনিবু হায়সিন্না
তায়োম্ররবা নঙগী থমোয়গী পান্দম
তোংদোকপ্রবা নঙগী অপাম্বগী মীৎয়েং
ষ্বাংখৎলক্লিবা আশাগী কৈরাক
মমল লেপ্পা ওমত্রবা নঙগী
কয়াম্লবা রাথল।

ঐগী ইম্ফাল মুংশিবী শহর
থিজ্নস্ত ফংখিদ্রে শান্তিগী লৈরক
শংবান্নখিদ্রে নওগী অত্নিয়।
কুপশিনখ্রে পরানমিচাকশিং
মৈথু মপৈনা কল্লক য়েংশীনবগী
হোনগ্রবসিদা নওনা লাংগী
নিংশাশ্বোর।

ঐগী ইম্ফাল মুংশিবী শহর
হুক্কোক্লমুদুনা কুয়াম চরানরবা মতমগী
লেপ্প্রো মাওদা য়াইকবী ওইনা
লেন্নভরয়গে কল্লক মাওদা।

## চৈনা ক্ষুণ্ডলবা মহৌশা নঙোন্দা

মিপাইরক্লব্রা হে মহৌশা
কুপশিল্লকপসিদা নঙগী হকচাংপুম্বা
মৈরী মচুগী ফিজোলনা।
শংবাম্ভরম্বা নঙগী অতিয়া
থরামমিচাকশিংগী মীনোক
নিংথৌ তুরেলগী পম্মোয শুমহৎপা তোর্বান
ভুম্নমক ঙসিদি
শংন্নফম্নি চাক্তাফম্নি অমম্বা মৈপু
মপৈ মপৈশিংগী।

প্লাস্টিক লৈরাংশিংগী খুংগশমগী মীনোক্তা
শুমহৎলবা থম্মোয়না
লৈরেরোই কাম্রদা হংলুবগীসু
চৈপেংসে কনাগী মবাললনো।
হে মহৌশা নথাসে নঙগী
ওম্মোক্তা শাই ঙসিদি
মৈগী চীং অমা পোকথাযহল্লগেথন
লোৎলিত্ত্রনে থম্মোযজুংদা।

খাঙবগী শিয়োমন্থুংদা
ম:মি ভমথিবা
মচু মচুগী য়াইক মীংকুপশিং
ওনহনখিন্নু ভাঙ্গোই
নঙগী অশাওবগী মৈরীদা

মঙলান কয়ানি আশা। কয়ানি
লোয়নরকখিবা।
মাপোকসিনা। খোঙদারকপদা
নঙগী নত্তবাক্তা ।

## অমুবা ক্ষিজংনা কুপশিনগ্রবদা

লৈহাওচেম্বা লমদমসিগী মহৌশাদা
শান্নদে করিগী মুংশিন লৈনম্মা
চেন চোংহনা মালংগী তম্বাক্তা
মোমোন নোক্কুন মুংশিনা মায়থোংনা।

কৌরৌগী মাশক মঙালনা
ঙমদে করিগী কোকহম্ব:
অমুবা মচু অমম্বগী
থোঙকম চেংনা লেপ্লিবা
লমদমসিগী থোয়দোদা।

লৈরম্মী হায মতম অমা
মুংশিবনা মহুম শাহ্লনা লমদমসিদা
শান্নবমই অঙৌবা খুন্নুশিং
কোইপাই পাইরহুনা শংবান্নবা অতিয়াগী মখাদা
লৈরম্মী মমল থমোয়গী পুন্সিগী
চান্ন চিন্নবা মতম্বাক্তা মহৌশাগী।

অনৌবা মপোক অমদা
মীনা শা ওনখিবা
চৈনা ফংলবদা মহৌশাসু শকফম হোংখিবা
পুন্সিগী মমলসু মফম থগুদনা মাঙখিবা
অনৌবা সভ্যতাগী অমুবা ফিজং মরুমদা
মরু হুম্বদা! অনৌবা ইতিহাসকী
লিলাসিবু করিনো শান্নরিবা লমদমসিদা।

অমম্বা মরকসিদা,'৩৮

## ঈদকী ঈটংগ

থাবুম ভস্নানিথোইগীদি মখেম্মা
ঈদকী থাঙ্গ শকহেন্বী
খোঙদোয়রক্লে নোংচুপ 'ভিয়াদা
মোমোন মীনোক লোয়ননা।

থুংজরবদা পাউজেল হব্রাওভয়াম্বগী
লাবর অনম্ভ থায়দনা মোমিনশিং
ওইরক্রে মশঙুল পেম্বোকপগী কুম্মেদা।

হুমদোকখ্রে ঙসি
হু চেম্বা মুশিং কল্লক-য়েংথৗনবগী
মাঙ্জ'খ্র রাখলম্নু ইশ গীতা থম্বা
মাইকৈ মরী পুমনৗল-নিনখ্রে
মিন্নুংশিগী নীংথিব্রবা শৈহেক্লা।

অমরু ওইবগী ফিশেং শেংলবা মালেমসে
য়েংউনে কযাদি নীংথিরে
অঙাং, অহল অচৌ-পিশক নাইদনা
নীংথিবা ফিজোলনা লৈতেংলহুনা
ঈদগাহ মাইকৈ পাংলিবসে
শেংলবা তকবিন্ন শোল্ল-শোল্লহুনা।

অনরু ওইবগী ঈথক ঈপোমশিংনা
শান্নরিবা কুম্মেনি পুক্নিং হুন্নবা
লৈশেম মপুগী লোইনাইত্রবা থৌজালগী ঈপাক্লা।

অমম্বা মরক্সিদা,'৩৯

## অতিয়াদা মৈঙ্খ্ মপেনা জগোয় শাই

ইতিহাসকী য়ুহা অমদা নাথৈয়ঙ্কবী ঈচেল
পুকচেল তপ্পবী বরাক : চুমজ্রিং চংচবা মৈতৈমচাশিং
য়ুগ কয়াগী মথবাক ক্ষাওনা লীয়কখিবা য়ারী
ইপা নাং ইপু নাংকী।

শেংলবা ঈচেলদা তারয়ে মমি কল্লক-কনক্লাওবশিংগী
নঙগী শোয়ারেনবুদি তোংনরি য়োংশিনগে
অহীংগী মচাশিংনা।

মিপাইরবা থয়ানমিচাকশিং নঙগী অতিয়াদা
থাঙলি থক থক নিকুলা। মীগী কাঙবুনদি
অকম্বা নোংলৈ ওই হুমজিল্লকপাসিদা
অমুবা নোং মপৈ মপৈ।

য়েংনিঙলোই মখোয়না লাইগী মচাশিংবুদি
অহীংগী য়ুথল মরুমদা লৈয়ু য়াদবগী
মীথা পোল্লা।

মতমগা কুচু তিম্মদ্রনা মৈতৈ মচাশিং
তোংনজৈ চুমজ্রিং লম্বীদা মায়োক্করগে
থেক্লা খোয়রবা অমম্বা লম্বীদা
থেংজিন্নৈ মখোয় মশেলতা
অয়ো নাহেয়হুনা।

মশা ক্নোমথোক্লে অমুকম্নু অমম্বগী মতম্বাক্তা
কাউথোক্লে হেক হেক থুংলবা যাই
মীৎকুপ কয়া খুদিথীবা।

খুংশয়না চংপা হৈত্রনা লাইগী মচাশিং
কয়গদি কিক্লনি অমম্বনা : জুমিৎ থোক্তনা
লমদমসিদা।

অতনা থোকচোম বিশ্বনাথনা হায় :
থিবা লায় মালেমদা লিংজেল মান্নদবা
জাতি অমা।

তিঙক তিঙক য়েংনৈ লাইগী মচাশিং
শেৎচিনগ্রনয়া মুন্দুনা অহৌংগী মচাশিংহুনা
অশেংবা ফিজোল পারোল-পুরোলগী।

## মঙম্প্রেমবা

মমিং শুক্তোক্লবা
থাখি অহীংগী অমম্বা লোইশ্রগা
থাবলগী ঈথক হৌরকখিনি রাখলসিনা
মখোঙ মথুং ভিংখোক্লগা
মরাইবক্তা মোনথাঙনরক্তুনা
লোইবা নাইত্রবা মঙলান অমদা
মশাবু কংখোকচৈ।

শেমজিন্বীত্রবা পুখ্রি মপানগী
পোঙ মরক্তা, ভুংকী ময়াদগী থোরকপা মৈঙাল
অমম্বুং মরু কোক্লশা কুরাউ পাম্বীদা য়াৱেক্লিবা
মকুপী কায়ন শৈশেৱোলদা
মঙফাওনরকই।

থরানমিচাক মশীংথীবা য়ানা হোরবা
পংথরবা চক্কখোক্তী য়ুমথক্কগী
ফাওজিল্লকপা থাবলমা পাউদম্লে
রাংথংলক্লিবা ফুরা দলান অমগী আশাদো
হোংনৱি ঐগী চান্নবীনা, নাম্বোক্কদবগী
শকশ্রবা রাশক্তী, চেংলবা লীপুন্দগী।

## হিংবা ঙমদ্রবা ৱাখল

মরাইবক থীরবা মপোকসিনা
হোৎনখ্রে কয়ারক কাখৎকে চীঙদোলদা মুঙাইবগী
নীংঙম্নহল্লি কল্লক-য়েংথীনবগী খুরৌনা
চিংথবি ঙমথীনা লৌনম নমথাক্কী থৌরীনা
অর্থ থোক্কবা পুন্সিগী ঙক্রবা লোকঙুংদা।

চম্নফম থঙদনা লৈথা ভারবা ৱাখলনা
হোৎনঞ্জে য়েম্লিং হুনগে বসন্তদা আশাগী
কনথৎপিরমই ঙমথীনা নোংলৈগী থৌরীনা
কেনথি চোইজাইনন লৈনাশিং ৱাখলগী
শীম্বরকই পিরাং মরীক পুন্সিগী থোয়দোদগী।

## নীংতম্বা মণ্ড

গনতন্ত্রগী অথূবা লম্বীদা
অমত্তা চিথদে মীখল খুদিং
য়াওই লমজেন্দা অহনজাউ
দাউ যাদবা হায়বস্তুরা
ইন্দোকপিরমই লাইবক্তা হম্মা হম্মা।

মীখলগী অঙকপা মীত্রংদা
লৈব', য়োনবগী কুম্মেদা
নীংহম্নবা লৈতে অহনজাউ
অমুক নত্রগা অমুক্তি
চান্বিরক্কনি শোয়দনা লাইবক্তা।

কোক্রে অন্নাবা হন্দক্তি
অহনজাউগী তালোই তোমাইল্লে
ওইরবদা প্রধান মব্রাণ্ডানা
খনজৈ রাখল মতোমন্তা
শাংলে থম্বাল লাইবক্তা।

রাংখংলকই অহনজাউগী অপাম্বম্
প্রধানদগী এম,এল,এ, মন্ত্রী, মথং মথং
মণ্ডলানগী ঈপাক্তা তাউজৈ নীংতম্না
সাইরেন খোংবা গাড়ী লোয়ননা
সীফাই সন্ত্রিশিংনা চপলহুনা নীং মাণ্ড
নীংথিজরবা বুলেটপ্রুফ কার মঙ্গুংদা
ফম্মিম্নজৈ মবেম্মগা য়েৎকা ওইগা।

## লাইমন

অঙাওবা ঈথক ঈপোম্নক্তা মুংশিবগী
ইরোইমিন্নখিবনি নঙ ঐ চান্নবী
থোংলবা লৈনাশিংদু থমোয়গী
নোকখিবনি মীনোক লৈনমগী।

বসন্তগী থমোয় শুমহৎপা মীৎয়েংদা
কোকিলগী পুক্নিং হূবা শৈহেক্কা
কাজিন্বা চন্দ্রদা থমোয় অনী
পোশ্নামিন্নখি থাবলগী মতম্বাক্তা।

থাবলগী মীৎম্নাগা মীৎচান্নহ্না
চন্নখিবা পাউখোংদা মীৎয়েংগী
লোংখি থাজস্রু ইকায়রতনা
রাপলগী ফীজং মরুমদা।

থাজবতনা থল্লবা মুংশি চীংদোলদগী,
নশিং মক্ষোলগুম্ন' ঈশিং চাইবি মরক্তা
ইরুমিন্নখি থমোয় মকা লান্না
শংবান্নবা পুন্সিগী চৈঙথোঙহুদা।

অহুবু ঙসিদি ওইরেদো ইবানি
লাইমনগী থমোয় অনী
মুংশি হৈত্রবা কায়ন ঈচেলগী রাংম-রাংমদা
চৈনাখোলগী লৈচীলনা থংলবা মীৎয়েংগী
ফোংডমদ্রবা রাকংকী, ময়ি চংলবা লৈরায় অনী।

## বিদায় রমজানুল মুবারক

চামথোকপিরয়গা শুগাহগী কোঞ্জিং থমোয় খুদিং
য়েল্লয়গা বেহেস্তকী লৈনম তাইবঙ শীয়া
চৎলগেরা হে রমজানুল মুবারক
অনৌবা কুমওন অমগী দমক।
শুগাহগী মৈরীদা মৈশা লাংলবা মালেম
লৈশাং তমহল্লেদো রহমৎকী লৈরাং লৈকা কয়া।
কল্লক য়েংথীনবৈ, ময়ায় কারবা ঈ শিংলী খুদিং
তমথীরবা রাখলস্থ ইস্ত্রিগী পেন্নাইদবা
মাঙখ্রে ওসিদি নঙগী ঈংলবা রহমৎকী থুংশোক্তা।
লায়রবগী অরাম্বগী মৈচাক
ফাওহল্লহুনা ইনাকথুম্বশিংদা
তম্বিরম্রে পারা অমত্তা ওইবগী।
পুকচেল শেংনা কৎথোক্লিবা জকাৎনা
ফোঙদোক্লি, রাখল হিংমিন্নসি
লায়র-ইনাকথুবৈ চেক্লপল রাংমদা।
শিন্নরম্নগা খুদোল ইহুল ফিতর
পিথক্রম্নগা ঈরিক হরাও-ওয়াম্বগী
চংলেদো নঙদি রমজানুল মুবারক
পিজরি বিদায় নীংঙমদ' থমোয়না
লাকউকো অমুক মথংগী কুমওন্দা
ল্পচগে থরায় নঙীক নঙালদা।